Graduate Studies L... y

"হায়জবা"

নং

ঐ

মা

ঐখোয়

মখোয়

লোইনমক,

থিমিন্নসি

তাইবংসিদা

অমত্তা ওইনা,

—"পুন্সি—থৌদাং" ! !

১৮।১০।৬৬

রণেন




ফোংজবা—লাইরিক ইবা

নম্বমা—শ্রীসরস্বতী প্রেস লিঃ

৩২ আচার্য প্রফুল্লচন্দ্র রোড

কলিকতা-৯

মথুম—লাইরিক ইবা

অহানবা নম্বা

মে, ১৯৬৭

লাইরিক মশিং ১,০০০

Call No:- 02,1 RAN
K7;1

সম্ব পুন্নমক লাইরিক ইবাগীনি    মমল লুপা ৩.২৫

নুংশিজরবা

কাকা অমসুং ইমা

অনিগী মফমদা

ঙসিদি উনরে ইবানি,
অদুবু খঙদে,
ঐনা কদায়দা, নংনা কদোমদা !

ঙহাক্তি পন্দুনা শাখিসি,
লেপত্রবা মতমগী ঈচেলদা,
থম্মোইগী ওইবা রারীদি।

ইবানিগী নক্লবসে,
মরক্তা খল্লি,
শকখঙনদবগী ঈচাওনা।

অদুনা য়েংলি নংনা
ঐঙোন্দা,
চিংনরপ তোবা মিৎয়েংনা ;

ঐনসু খল্লি—
কনানো নংসে !!

ঐস্নু নংগুম্বনি,
থাংলিবা খোঙথাংগী
পম্থুংফম থঙজ্রিবা।

অহুবু চৎলি,
হকচাং পোল্লাং মন্নুংদা
থম্মোয় অমা পুহনা
লম্ফাংলবা লম্বীসিদা,
পুক্নিংগী ইথিলতনা,
হিংনিঙবগী পাঙ্গলতনা
—লেপ্তনা চৎলি,
লম্লাইজ্রবা য়ারেকশং তম্না—

খঙদে,
ঐগী অপাম্ব করিনো
মফম অহু য়োৌরগা !!

ঙসিদা উনরি
নংগা ঐগা,
হৌজিকস্নু থাজদ্রি
ঐবু নংনা।
হায়য়ুরা নঙোন্দা তশেংনা,
ঐনা খল্লিবা য়াথলসে—

লাকথি,
ঐস্নু নংগুম্না,
নোংমা তাইবংপালসিদা,

থোদা কোকথোং নাহুনা,
মীওই মপোক লেম্নবা।

কাউখ্রে,

ঙম্না হৌজিক্তি,
ঐনা করি তেমশিংখিবা,
পুন্সি খোংশাল্লকখৈঙদা,
ইমাগী পুক্নুংদা লৈরিবৈঙে,
নরা খোঙ্গেল থোক্ত্রিবৈঙে।

ঐহাক,

নিংশিঙফম খঙদ্রে—
লোইনমক মাঙখ্রে,
ইয়ায়দা তাকপা কোঙ্গোলগুম,
পুজরকপা পাইমন্নুংগী অরোনবা,
তাইবং খোংদাব মুমিংতা।

মহুতদা,

থোরকখি খোঙ্গেল ঐহাক্কী,
কপখি নরা নুংশুরু,
মাংখ্র' লৌশিং নিংশিঙনা,
তাইবং ইরাং থৌশাদনা।

অঙকপনি,

মিং অনিসে
পাংন পাংন,
উবা ফংখিদে তাইবংপাল ;

খঙবা ঙমদে
তানা তানা,
করম্ব তাইবং মীরোলনো।

পূন্নমক,

মশক লাকঙমদ্রবা
অমম্বগী শক্তমনি,
নিংঙমদ্রবা ইচাওগী ইরাওখোলনি ;
কাউবদি লৈতে,
খঙহৌদনা মাঙখ্রবা,
ফংলরোইদৌবা হীরিদো।

হিংলে,

ঐসে মীওই মপোক্ত,
তারক্লে নাকোংদা,
নাওশুম ঈশৈ,
মোংমা নোংমাগী
ময়েক শেংনা।

উরক্লে,

নোংমদি খঙহৌদনা,
ইমাগী নিংথীবা শক্তমসে,
মাগী তম্পাক্ত হিপ্লিডৈ,
হৈরে নোকপস্থু,
পুক্লিং শুমহৎনা।

ওইরে,

ঐসে তাইবংমী,
শিবিরে মহোয়না
খোংজী—নাচি,
পুনবিরে চেৎনা মপোকসিগী
থদৎপা ঙমদ্রবা লীচিংনা ।

খোম্লাং,

থক্তুনা ইমাগী,
থঙলক্লে অরাম-খৌরাংব,
হৈরে কপ্পা তানবা,
চরি মচা হাপ্পগা,
'হঙা' কৌহুনা ইমাবু।

থোনবিরে,

মহোয়না পামজবা,
মিংলেন অমা তেনতকপা,
ইমাগী মথাদা কোন্দুনা ;
ঐগী শক্তম লাক্লব,
তাইবং' ইদোম চৎনবা।

হৈরক্লে,

চৎপা কাকৈ কাকৈ,
'হৈনা' তাম্বা তুংইন্না,
পম্হৌ থুদোন পায়হনা ;

ওল্লক্লে থাংবা ইতোমতা,
খোঙথাং খরা তুংইল্লা।

য়েংহুনা,

হাংল’ অতিয়া পুঙ্গোয়দা,
কোবা হৈরে থাজবু,
‘থা থা থাবুংতোন’
ইমাগী নঙ্গল থক্তগী
থাবলন ঙাল্ল’ শুমাংদা।

শারক্লে,

তা-ধিং খোয়জংনা
নৌর’ শয়েং থাঙ্গৎতুনা,
ওইরে মাঙ্গোল মীতিনফম,
ঐবু য়েংহুনা নোক্লফম,
অঙ্গো ঐনা কেবদা।

মতমহুদা,

থনখিবা ঐনা—
শামখ্রে মমি লোইনমক,
থঙদ্রে কনানা হুখ্রবা
ঐগী পুন্সি শৈহোদা
শকখিবা অচম্বা শৈশক্তো।

থল্লুবদা,

নিংশিঙ থোক্ত্রবা
পুন্সিগী অহানবা তাক্কতু,

নিংঙম্মক্তে নৌহৌনা
মিৎলুদা ইরা শিন্থনা,
হন্না য়েংলুবদা ঙসিস্থু।

য়াকাইরে,

অমম-অঙান শিন্নবগুম
নিংশিঙ মৈরা ঙাল্লক্লে,
চেন্থরকপা পুন্সিদা
সনা মহী চেল্লক্লে,
পুন্সি হৌরকফমদি মমহৌরে।

লুপ্লক্লে,

তাইবং ইরাংদা
'ঐ' ওইনা
কাউরক্লে ঐগী হৌরকফম
থল্লক্লে তাইবংসে মচুনা
মীওই মপোক্কী মিৎয়েংদা।

পোকপনা,

লমদম মচাসিদা
ওইরে মসে ইরৈবাক
লাইরৈবাক্কুগীস্থু হেল্লবা,
অস্থুম্না খায়দোক্লে ঐহাক্ল
অমত্তা ওইবা মালেমসে।

পিক্লিঙৈ,

ম্রাখলগী নিংতম্ব ফংলিঙৈ
থৌরী লিশাংন কোম্লিঙৈ
চেম্থোরক্তুনা ইমুংদগী
অহাংবা লম্পাক্ত লেপ্তুনা
য়েংই নৌহৌরিবা তাইবংপাল।

কৌরকই,

খুৎলাম তোইনা তোইনা
অকোয়বদা লৈরিবা মহৌশানা,
ঐগী ইতৌ উবদা,
নিংঙমদ মৈশা লাংনা
অয়ুক্কী লিক্লা শিম্নুনা।

লেপ্লিঙৈ,

মুংবঙননা ঐহাক্ত,
হায়রম্মী লোম্না নাপদা,
নোংদোলদা পাইবা
লৈচিনগী মপৈনা,
চৎসি লাম্না চীংলোনসে।

হঙগে,

য়েংখৎলকপদা মঙোন্দা
লমদম কৈদা চৎকদৌরিবা!
মাংখিরম্মে মাদি

শংবানরবা অতিয়াদা,
ঐগী মিংয়েংগী ঋাংমদা।

ঙাড্রানবা,

কোরৌ মশেক্লা
পুরক্লে মালেমদা নোংদমখোল,
ঙরাংগী লম্বী তুংওইনা
ঙসি কোরৌ নোংজাদা
চৎখ্রে মাস্থ পাউদম্লগা।

য়াচংলকপদা,

অবোক্কী নাক্ত ফমত্নুনা
তারী ফুংগা ঋারী
হকচাং অসে তুজুংনা,
লোন্না য়েংলকই মিত্তুৎথোংদা
অচিকপা অহিংগী থাজনা।

য়েংনিঙই,

অহিংচুপ্পা ফমত্নুনা,
লৈচিন থাংদ্রবা অতিয়াদা,
নিংথৌ তুরেলনা চেনবদো,
তগুপ তরেং ঙানবদো,
মরৌ লৈত্রবা মিংয়েংদো।

কদায়,

ঐদি চংলে ফমুংদা,
ইমাগী নাক্ত হিগুনা,

মিং অনিসে উইশিন্দুনা,
'হুম' থেম্লি ইমানা,
য়েংনিঙ য়েংনিঙ তুমথখ্রে।

লৈরম্লে,

ঐহাকপু ঙাইহুনা
বসন্তগী অয়ুক্তা,
মহৌশা কৌবী লাইরেম্বী
নিংবা কায়হুনা ঙরাংদগী
অনৌবা য়েন্নিংগী মরুমদা।

ঐসে,

চৎসি চৎঙমদা,
লৈসি লৈমঙদা,
থুরৌ থাংলবা খোঙথাংসে
শুমাং য়ৌনদি থাংলক্লে
ইমানা কৌবা তাদ্রিবঁ।

চেলহৌরগে,

কৌরক্লবসু তাশিন্নদনা,
লানউমদ্রবা পলব্রাংমদা,
য়েংলুনবা ইমিৎ পেন্না,
শক্লুনবা খোঞ্জেল ব্রাংনা
মহৌশা লাইরেম্বীগী খুৎশেমলক্তা।

তাগদ্রা,

ঐগী নাকোংসিনা,

মহোয়না শকপা
অরাংবা থাক্কী শৈশক্তো,
মহোয়গী রাগীনিদা লুপ্তুনা,
ঐগী পুন্সিসে কাউথোক্তুনা।

হায়য়্.

নংবু কনানো ?
ভাইরিবনা কনাবুনো ?
অস্সুক নিংথৗনা পোমশাংনরিবী
বসন্তগী লৈশাংতগী তোমশাংনরিবী—
নংস্সু মপুগী খুংশেন্না ?

ঐদি.

চেল্লক্লবনি য়ুমদগী
থাদোক্তুনা লোইনমক,
থিরুনবা পুন্সি থৌদাং
হুল্লিবা মিহুলনা লেপত্রিঙৈ,
মীওই মপোক লোমত্রিঙৈ।

করিগীনো,

নংবু উরগা
খোঙথাং লেপ্পিবা ?
অরাপ্পা উখোংদা ফমহুনা,
লমদম মুংশিবা য়েং'শুন্না
মীওই পুন্সি য়েংনিঙবনি।

উম,

নংসে ওইরম্লগনি
ঐগুম্ববু ফানবা,
তাইবং ইপাক্ত চিংশিন্নবা,
ইরৈ থাংলবী ফজবী
তাইবং ইচাও পোকহনবী।

য়েংলিঙৈ,

নংগী নতৌ,
হৌখ্রে মতম,
লুপখ্রে ঐগী ব্রাখল
নংগী নিংথীবা শক্তমদা ; —
য়েংলকপা মিৎয়েংতুনা পুনখ্রে।

অসিরা,

নুংশি ঈচেল
লকাম্নুংদা চেল্লিবা,
পুন্সি ইপাক্ত তিন্নবা
তাইবং ইচাওসে লান্নবা, —
ইদোম হিংঙমদবা মীওইবা।

খল্লম্মী,

মিৎসে তাংলবনি,
নাকোংসে পংলবনি,
ঙমদ্রবনি লৈয়েংসে খৎপা,

মীওইবা মরক্তা হিংহ্নুনা—
কান্নদ্রবা মপোক্নি অস্নুম্না।

খল্লমদ্রবদি,

নংগস্নু উনরম্মোই,
অস্নুম্নস্নু লাক্লম্মোই,
তাইবং লৈঙোই শেক্তাগী
পিক্ল মরিক ওইহুনা
পুন্সি চুপ্পা তারমনি।

নংগী,

তরুবা মিংস্নাদা,
লৈরম্লে অরোনবা,
ঐনা থিরুগে খনবা
তাইবং তরং থাদোক্তুনা,
হিংনবগী অরোনবা লাইব্রাবু।

ননাক্ত,

পল্লিঙৈ ঙহাক্তং,
তানশিল্লক্তুনা ইথক্লা
পাক চাওরবা তাইবংগী,
পুথখ্রে ঐবুস্নু ইয়ায়দা—
কোঙ্গোলনা তাকপা ঙাইবগুম

খঙলে,

হৌজিক্তি ঐহাকস্নু,
কিদ্রে তাইবংসে,

থেংনরগে খোঙফম হন্দনা,
পুন্সি লানফমদা নিংহন্নদনা,
পুন্সি মৈরানা মুৎত্রিফাওবা।

অসিমক্তদা,

লৈখিগদ্রা তুমিন্না,
করিমত্তা হায়দনা—
ঐসে কয়াদা পংখ্রবা,
থাদোক্তুনা চৎকে খল্লম্বা,
অস্থুক ফজরবা তাইবংসে।

হোংলে হোংলে ঙসিদি
তাইবংসি হোংলে,
ঐগী ব্রাখলগী য়েন্নিং
হুল্লকপদা নৌহৌনা।
অরোনবা অমত্তা নংলমদ্রে
লোইনমক তশেংবনি—
য়েংউ নোংথক্তা চেল্লে
সনাগী মচু,
মুংশানা তরং হুল্লকপদা ;
মুংতিগী উই,
ঐনা নহালমখৈ খঙলমদ্রে।
কয়াদা ফজখ্রবা,
ব্রাংনা শন্দোকখিব্রা চীংদোলগী
কোক্কথুম ফিগুম,

পারবা অঙৌবা লৈচিন্না
শাংথনা কুপ্লিবা,
চীংখৈফিত্থপ্ হল্লকপদা
কোরৌহনবব্ ইকায়হ্না।
য়েংউ ফজদ্রা য়েংউ,
চীংশাং মরুমদগী
লিংখৎলক্লিবা অঙাংবা মুমিংসে।

য়েংউনে য়েংউনে,
অরাংবা চীংদোল অসিদা
খিনবদৌনা ঙাল্লি'সে,
পেল্লদ্রা য়েংবদা অনিসে ;
অঙকপনি অঙকপা,
লৈশেস্বা অমস্বুং মহৌশা
অনিগী মতৌসে।

শিংলকপা মালংদা হুম্লক্লে
খোঙ্গেল অমা,
ঐনা পোকঙৈদগী তাদ্রিবা,
ঙসিতমক খঙলিবা।

উরুবা খুদিং য়েংলুবদা
ঐগী অকোয়বদা,
ঙম্নমক ওইরম্লে ঐগুস্বা,
লৈশেস্বনা শেমজবা।

নোংথক্তা পাইরি লৈচিন
নোংজু থাদা ;
তুরেল খোংহ্লংদা চেল্লি
লেপত্রবা ইচেল ;

ইয়ায়দা তারি মম্লি
পানখৎলকপা থাজগী ;
উশাদা তোংহ্না খোংলি
চেক্লানা তাম্না ;

লৈকা ফম্না শাৎলে
লৈহীনা থল্লে ;
ঙংহ্না পাইরক্লে খোইমু
লৈনম থিহ্না ;
পাল্লবা ইপাক্ত শান্নরি
ইথক ইপোম্ন ;

অরাংব নোংদোলদা থোক্লি
থরাম্মিচাক মপৈনা,
হুমিৎ থানা ঙাল্লি
শিল্লোন শিঙ্গিন ;
ঐস্থু হিংলী তাইবংদা
মীওইনা পোক্তুনা ।
কনাগী মিংলুদা চেল্লি
হুংঙাইবগী ইরা ;

কনাগী মমিত্তা শিন্থরি
অৱাবগী পিরাং ;

কনানা নোক্নি হরাওনা
খোয়রুম মোমোন,
কনানা লাউরি য়াক্না
নিংবা কায়থুনা ;

লোইনমক কাইদনা চপ্থরি
লৈশেম্বগী তাম্থাদা ;
মপান নাইদ্রবা তাইবংদা
পূম্নমক্কী ইতিনফমদা ।

মসিবু খংদ্রবনা ঐহাক
কপলুরি তত্তনা,
খোঙথাংফম খংদ্রবনা তাইবংদা ;
ঐতগী ৱাখলনা,
ইশাবু নাইতোম তাহঞ্জনা
ওইৱে পুন্সিসে
পাক্ন’ শারবা লৈঙোইলম ;
মীমুংশি য়াওদ্রবা,
হিংমিন্নবগী মুংঙাইব খঙদ্রবা
ঐ ওইনা ;
ঐ অসে তিন্দুনা
মহৌশাগী মরক্তা,

তাউথত্থনা মীন্নুংশিগী ইপাক্ত
হিংলবদি পুন্সিসে,
ওইররোই ঐসে ওইররোই
ঐ ! ঐ !
শরু পোলাং মন্নুংদা
তোংশানা কুপ্পা,
মৈনা চাকখ্রগা লোইরবা
অত্তুগুম্বা 'ঐ' ।
হৌরকফম ঐগী ইতিনফমদি,
মপান নাইদ্রবনি !!

লৈকংলাগী

শারবা মুংশা মঙালদা,
চোম্লপ তারি শরু মপৈনা
চংখ্রিবা খোংগুলগী অরোয়বদা,
মাগী লেমহৌবা মথাক্লু
লম্বীগী খাংতপ্পা।

অথাপ্পদা—
মুমিংতি হায়থরক্লে
অঙাংবা মৈবুলগুম,
নোংদোলথক্তুগী মালেমনুংদা চংখিদোরে।
অশাবা লৈঙোইগী মনিলনা
অঙাংবা নোংজাবী তম্না হায়গংখ্রি ;

কদাইনা নোংদোলনো, কদাইনা মালেমনো
অনিগী তিম্নফমদা,
ঈ মচুগী মুমিংনা
তাইবং অসে তঙাংখ্রে,
মাগী ঈনা পুমচাই চাইখ্রে,
পুন্সিদি লোমখ্রে, পম্বৈংফমদি তামখ্রে।

মাঙখ্রে নাপল, মাঙখ্রে শক্তম
হুম্লক্লে মুংশিংনা লৈঙোহিগী মপৈ,
কুপখ্রে মাগী শরু পোলাং ;
তিনখ্রে মাগী ইতিনফমদা,

লৈহৌরে খোংগুলদি হিংলম্বগী,
মীন্নুংশিগী কংলবা তোর্ব্বালদা।

*  *  *  *  *  *

মোংফমদা শাৎলি, শাৎলি ফুগাইনা
লৈরাং অমা ;
লৈনমদি হুমখ্রি, হুমখ্রি মালংনা
অহাংবা লমহাংদা ;
লৈকাদগী শিন্থরি, শিন্থরি লিক্লানা
অশোংবা মোংফমদা।
লৈনমসু চেনদ্রে, লৈশকসু মাওখ্রে
লিক্লাসু তাদ্রে ;
লৈরাংদি পেনদ্রে, নিংবদি কায়রে
অরোয়বা ওইনা,
খিকথরে লৈমায়দা, খিকথরে লৈকাচোইনা
মোংফমথক্ত চোইজাইনা ;
করম্বা রাশকনো, কনাগী লীচিংনো
খণ্ডবদি ওমদ্রে।
হুমখ্রে থাপ্না, থাপ্না লৈনাসু
শিৎলকপা মালংনা ;
শকখণ্ডবা কনাগী, মিংনাইদবা মহাকী
লেংত্রবা মোংফমদগী।
লৈহৌরে লেংদনা, লেংদনা ময়েক্তি
মুংমাইথক্তা ইরম্বা,

"—পাম্মুইদা লৈরাং, লৈরাং পাম্মুইদা—"
অচিকপা মফমসিদা,
থাইনগী লানফমদা, হৌজিক্কী মোংফমসিদা !!

* * * * * *

মুংতিগী লাকই,
মুংতিগী য়েংলম্লগা হনখি—
শকখঙদবা মাগী রাখলদা
থম্মোয়সিদি লাংতক্লরে।
লাকখিশন্নু,
চৈশিন্নরগে খল্লে ;
লাক্লগা,
চৈবদি লাইরদনা ;
ইকায়নু,
মিৎচীন ফল্লপ য়েংলুরে :
ওইখ্রে মতুনা,
মুংশিবগী হৌরকফম—
ফোংঙমদ্রবা পাম্মু রাখলদা।

* * * * * *

"মুংশিবী,"
মাগী অতোপ্পা মমিংনি ;
ইচিক হুল্লবা অহিংদা,
নাপচিক্ল কৌখিবা !
ইকায়হনা,

ফল্লপ য়েংখৎলকপা মিৎয়েংনা,
মাগী অরোনবা পাউথুমনি,
থম্মোইগী পেম্নফমনি।

*　　*　　*　　*　　*　　*

মাগী মনাক্ত ফমহ্নুনা,
কোয়রাওনবা মিৎস্না অনিহ্নুদা
অহিং চুপ্পা য়েংহ্নুনা,
নুংশি ইখৌ লাংলিঙৈ,
হৌজখিসন্নু মতম
হৌজখিসন্নু—
হয়েং ইন্নুং ঙাল্লগা,
তাজহৌসন্নু ঐগী পুন্সিসে
ইচেল কংখ্রবা তুরেলগুম
মীওই মপোক্ত থানবিদনা ;
মাগী থম্মোইন্নুংদা,
ঐগী নুংশি ইচেলনবু তিনখ্রবদি।

*　　*　　*　　*　　*　　*

অহৈবা মাগী কলমদগী,
নিরুরে মরিক চুম্লবা ব্লাহৈ কয়া ;
নুংশি মাগী নাপদা,
নুংশি চিরোল্লুনবা।
অহিংচুপ্পা,
করম্না ফোংদোকসিগে খল্লবা মতুংদা ;

'চলে,
মুংশি মনাক তান্না
নোংঙাল্লমদাইদা।
মুংশিবগী অমম্বা লম্বীদা—
থম্মোই থন্না পুরকপা
মুংশি ব্লাহৈ লোইনমক
অমত্তা খাক্তনা তাহৌরে।
চান্নবীগী খুবাম চেৎনা পায়হুনা,
পাইম থোংজি নাতৈ কাংঙমদ্রে
মিৎকা মিৎকা চাননা,
থম্মোই থম্মোইদি শিন্নরে;
চৎলগে হায়রম্লগা হল্লক্লে।
নিংশিঙ লমখাংদা তারমই নিরুবা ব্লাহৈ-পরেং,
খুন্দুনা পুরক্ত্রে থম্মোইগী মুংশি ব্লাহৈ নত্রবা।

*        *        *        *        *        *

তাইবং-কৈথেল কারক্লে,
করি লৈখিনি মাগী?
ফজবী মাগী ঙকশমদদি
সনাগী লিকপরেংশিস্থ পকচনি,
মসিমস্থ লৈহুনা পুরগে—
মুংশিবী মাগীবু,
তাইবং-কৈথেলসে

কোকথোং নাহুনা পুরগেদা—
মাবু অপাম্ব থলহন্নবা।

ইস!
অশুকরানা পুন্সিচুপ্পা পুরক্লগা,
অমত্তসু পামদ্রবা চান্নবী?
অসিরা নংনা মুংশি হায়বদো!
ঐনা পিবসু লৌনিংদ্রবা!

হায়য়ু,
কনানা পিরম্বা লৈপরেংনো,
নংগী ঙকশমদা শিরিবদো?
মমল কয়া য়াম্বনো?
ঐগী থম্মোইসিনা লৈবা ফংলরোইদ্রা?
তাইবং-কৈথেলগী পুন্সি পোৎয়োমসে,
নংনা পামদ্রবনিনা কান্নদ্রে,
হুঞ্জেক্লম্লগে শরু পোলাংদ হাপ্তুনা;
অতুবু ঐগী থম্মোইসিদি কদাইদা হুঞ্জেক্লমগনি?

*   *   *   *   *   *

চেংলৌ মাগী নিংথীবী,
পাখং থম্মোই হুখিবা,
মুংশিগী তুংনফম ওইরমদ্রে;

তথকপা মাগী মিৎয়েং,
মুংশিগী লীচিং নৎলমদ্রে ;
খোয়থুম্নবা মাগী মপাউখোল,
থম্মোই পাউদম ওইরমদ্রে ;
চান্নবী মাগী রাশক,
মুংশিবীগী অনিংবা নৎলমদ্রে ;
শিৎলকপা মালংদা হুম্নকপা,
মুংশিবা লৈনম ওইরম্লে ;
হুমতুনা অস্সুম চৎখিবা,
নম্ন্‌বা থম্মোইনদি কাউওমদবা ;
ঐগী ওইবদি য়াদবা।

*     *     *     *     *     *

চাক্লে লম্মে থম্মোই লাঙ্গোই চন্না,
অথাপ্পা লমদমগী মুংশি মপাউনা,
তত্তুনা হুমলরে খায়না মৈশা লাংনা,
করম্না খাংশিগে ইচিক হুল্লবা অহিংসিদা,
থাবলগী ইপোমদা মুংশি ইখৌ লাংনা,
নিংশিঙ নিংশিঙ হৌখ্রবা থৌদোক কয়া,
অমুক ফমতুনা অমুক চৎতুনা অমুক ঙাতুনা,
অরাংবা উপালগী উখোংদা থঞ্জিনখ্রবা থাজবু য়েংতুনা,
কাউওমদ্রবা মাগী রাখলদা মিৎলুদি পিরোইনরে,
কায়রবা ঐগী থম্মোইদি অহোয়নতুম ওমচাক্লরে,
চিক্লবা অহিংসিদি অস্সুম অস্সুম হৌখ্রে,

চান্নবী মাগী ৱাখলদি কায়রবা থম্মোইদা তুংহ্নবা
লৈহোরে।

* * * * * *

পাক্লবা ইপাক্কী ইৱাংমদা,
ফুগায়না শাৎলক্লে
মপুং ফারবা থাজনা,
লুপামহী চেল্লক্লে
তনিক তনিকপা ইমায়দা—
লৈচিন থাংদ্রবা অহিংগী
ইংলি ইংলিবা মালংদা।
তোর্ব্বালদা ফমহ্নবা,
থাবল মঙালদা,
খায়না মৈশা লাংহ্নবা,
মাগী ৱাখলদা লুপ্পি—লুপ্পি থম্মোই কায়না।
থম্মোই চাংজৌদা,
ৱাখলগী ইপোমনা তত্তনা য়ৈররি,
মিৎলুদা ইরা শিন্থরি।
কোয়ঙাওনহ্নবা,
নোংদোলথক্কী থৱানগী মপৈ,
খোমহ্নবা লংথরম্লে ইয়ায়দা,
খুজোক খুজোক ;
মানা হয়েং লাক্লগা,
ঙাইরম্মী খঙনবা অহিংচুপ্পা ;

তারমদাইগী থাজনা,
লেংদ্রবা সাক্ষীনি নিংঙমদ্রবা থম্মোইগী,
চৎলিবা খোংচৎতা ঙাইঙমদ্রবা পুন্সিগী।

*       *       *       *       *       *

অথেংবা অহিংদা,
মুশি মুশিবা পোদোলগী মৈঙালদা,
লাইয়েকপা মাগী তুরীনা,
চেলহনবা লাক্করি চেবাংদা,
মেরা পূর্নিমাগী লুপামহী,
নিংশিঙ নিংশিঙ,
ইচিক হুল্লবা অহিং অমগী,
থম্মোয় কায়রবা থৌদোক অমত্তং।
পিনা থল্লবা,
মমিৎ অনিতুনা কুপ্তুনা য়েংলি,
মাগী অমোনবা তুরীগী,
থাবলনা পুংবা হৌরবা অহিংতুদা,
চান্নবীগী ব্রাখলদা,
খায়না মৈশা লাংতুনা।
অহোবা য়ুমথক্কুগী,
লিশ্বরক্কুনা মেংলবা থাবল মঙালনা,
পোদোলগী মৈঙাল লাকহৎতুনা,
চেবাংথক্তা ঙাল্লকই,
মাগী থম্মোই তম্না।

অঙাওবা লাইয়েকপা,
থাজমায়থোং উরুবদা,
চেৎনা লোংলম্বা মুংশি-খুদোল,
থম্মোইম্নুংদা,
চোইজাইননা তারক্লে,
পিরাংগী অতৎপা মণি পরেং ওইনা,
খঙহৌদে তাখিবা মখুৎতগী তুরী,
লুপখ্রে মাগী ৱাখলদা,
কাউথোক্কুনা য়েক্লিবা মাগী অহিং অমা।

*     *     *     *     *     *

ফোংদোক্লরোই অমুক কনাদস্মু
নুংশি ৱাহৈনা,
ঐগী কায়রবা থম্মোইগী মৈচাকসে .
হায়ররোই কনাগী লোংলিবনো
ঐগী থম্মোইসে,
খোয়রুম মোমোন মিনোক্ল কুপশিন্দুনা,
পাইমা নুংদা মুংশি ইরা শিন্থনা।
মাগী ৱাহৈ খুদিং ঐগী থম্মোইগী লকাদা ইরমগনি,
মাগী নুংশি মিনোক্ল ঐগী পুন্সি ইপাক্ত তাউরমগনি ;
লেংদ্রবা মাগী মুংশিবদি ঐগী নুংঙাইবগী ইপাকনি,
ঐনা মত্থদা শান্নরি ঐনা মত্থদা হিংলী ;
ফোংদোক্লরোই—মৈচাকসে।

*     *     *     *     *     *

মুংশি খুদোলগী
তম্ফা খুদোপ ময়ইওইবা,
খুইথরক্লবা খুনিংথৌদা হৌজিকসু লৈতেংলি
মাগী মখুৎতু মুংশিনা থাঙ্গৎতুনা,
অহল ওইরবা মিৎসিনা খুদোপতুদা য়েংই ।

মানা ঐঙোন্দা য়েংই,
ঐনা য়েংলুবদা,
ইবানি মিৎচানৈ :
মিৎপান খুইরবা মমিত্তা
মুংশিবগী ইচাওদি লৈরি ।

ইবানি য়েংনৈ—
য়েংন য়েংননা ঐনা উরকই,
মাগী মমিত্তা,
ঐগী মুংশিবগী লেংদ্রবা শক্তম,
কুইরবা মতম অমদা উখিবা,
খুদোপ অসি শিবিঙৈদা ।

ইবানিমক নিংশিঙলকই,
মতমতুদা হায়নখিবা—
খঙহৌদনা,
মিৎলুদগী পি মরিক অমত্তং শিন্থরকই ;
চেৎনা কোনশিন্নতুনা,
তুমিন্না লৈনৈ ;

ইবানিগী মুংশি ঈচেলদা,
চেম্থখিবা ইথক ইপোম লোইনমক নিংশিঙছনা ;
মানা তপ্না হায়রকই,
"তারিবরাও ! খুদোপসিবু পকচত্রবরনে ?!!"

ঐখোয়গী থাজনি ঐখোয়গী কোরৌনি,
ঐখোয়গী শক্তিক থাবানি,
মালেমসিস্থ ঐখোয়গীনি।

হায়য়ু করি পাম্মী ?
নোংদোল খেংনা পাইবা ঙম্বা ঐখোয়নি,
ইরোনম্নুংদগী মণি খুন্দুনা পিবা ঙম্বা ঐখোয়নি,
মখোয়না ঙম্বদগী হেন্না তৌঙম্বা ঐখোয়নি।

মুংশিং মাইরম থৈহল্লুরা ?
সমুদ্র ইপাক ইশিংলুরা ?
লৈমায় অসে নিকহল্লুরা ?
নত্রগা তাইবং অসে উং ওইহল্লুরা ?

অকংবা উপালদা অনৌবা·লৈশাং তমহনগে,
অহাংবা অতিয়াদা নোংখোঙ ফুইনা চুহনগে,
অতাংবা মিংতা অনৌবা মিংয়েং পিবিগে,
অশিবা হকচাংদা অনৌবা থল্লাই হাপ্পিগে।

শুলতিংঙাদ কোয়না চৎনিংবরা ?
তরংদা তাউবত্থু পাম্বরা ?
থাজ মনাক য়ৌনিংবরা ?
কোরৌ শাথৌ তাম্নগেরা ?

অপাম্ব অমত্তং খল্লু,
থোক্লিবা থল্লাম্মিচাক মল্লক্তগী,
তন্না মিংকুপতা পুবিগে।
অমত্তনা পেনবা ঙমদ্রগা,
নিংথৌ তুরেলদা শান্নগেরা?
খোংজোম নুবী উম্নগেরা?

ঐখোয়নি মীওইবা, ঐখোয়গী ইতৌ তমজৌ
ঐখোয়গী মিংয়েং, ঐখোয়গী পাঙ্গল,
ঐখোয়গী লৌশিং, ঐখোয়গী থৌনা,
মহোয়দদি লানঙমদ্রবা পাক্লবা ইপাকনি।

ঈশিংগী লানফমদা,
কংফালগী লাল্লোংদা,
শুলতিংঙাগী কাপথাইনবদা,
নত্রগা চাকফমদা শেনফমদা,
য়ুম্লৈদা-কৈরৈদা—পুন্সিগী লানফমদা
ঐখোয়গী ফিরালতমক পাইরমগনি,
ঐখোয়গী খোল্লাওতনা নিল্লমগনি।

ফরে নিংতম্বম্নু পিরগে,
হায়রো মমলদো কয়ানো,

চেৎনা খুত্থম চনখ্রবা,
ঐখোয়না থিবা ফংদ্রবা,
ঐখোয়না মুনবস্থু ওমদ্রবা,
মীওইবা মপোক্কী মীন্নুংশিদো !!!

য়েলহৌঙৈদগী,
মাঙখিনি হায়না হায়না,
মাঙহলহৌরেদো—
মীনা হায়বসু তাদে,
মখোয়গী মতৌসে ওস্থোকপনি,
কয়া কুইনা শেন্নতুনা চৎখিনি,
মখোয়বু হৌজিক ফাওবা।

হায়য়ুনে কদায়দা মাংহলহৌরে ?
তো কান্নদবা পোংশকঙাক্ত পুতুনা লাক্লেনেসে,
অসিনা কৈদৌদোরিবা ?
পোকঙমদনা পোকপা মীওইবা মপোক্তা।

হায়য়ুনে কাদায়দা মাংহলহৌরে ?
কদায়দা চৎলুই ?
কনাগা শান্নরুই ?
কনাদা পিথোক্লম্লবগে হায়বা ?
মীঙোন্দবু পিরম্লবদি ফৈনে,
অত্থুদি নত্তনা,
মথোং খঙদনা মাংহলহৌরবনিনেসে।

হায়য়ুনে কদায়দা মাংহলহৌরে ?
মীওইনা পোক্লগা অত্থুকসু পঙবা !
মপাঙ্গল চাওরে মরৌশিং লৈরে খন্দুনা,
থৌশারক্ত্রে তাইবংসে মখোয়না ;

করিস্সু ওইনা খনত্রে লেংই-পাল্লিবসে,
ওহাক ওহাক্কী নিংলকপদা মুংঙাইবা থিহুনা।
কোয়না চংলুরগা হঞ্জিল্লকপদা,
থম্মোয়দি হাঙহুনা লৈহৌনি।
হায়য়ুনে কদায়দা মাংহলহৌরে ? ?
ওন্থোকপনিদা মখোয়সে ওন্থোকপনিদা ! ! !

নংগা ঐগা ঐখোয় ইবানি,
মাগা মাগা মাখোয় মৌবানি,
অমমম পুন্নরগা তারে তোখায়,
অসুম্না থায়রে মীচং মীখায়।

চেল্লিবা তুরেলগী ন্নাংমা ন্নাংমা,
খল্লিবা চীংলোনগী নাকল নাকল,
অহাংবা লৌবুক অশোংবা উমং,
থারে শম্বল নাকপাক নাকপাক।

ঐখোয়গী ইরৈবাক মখোয়গী মরৈবাক,
য়েন্নরে মালেম মচেৎ মচেৎ,
পেন্নদ্রে লোইনা লৌনিংলে য়াম্না,
মুন্নরে খৎনরে শোক্নরে লাল।

লৌখোংদা চেল্লে মীগী ঈনা,
তুরেলদা তাউথরে অককপা কোকনা,
মালেমদি লৈহৌরে মাদি শিখ্রে,
মুল্লকপা সনা তাহৌরে লৈমায়দা।

নোংদোলদা পাইরে জাতিগী ফিরাল,
শক্লক্লে লাউনত্র লালঙম ঈশৈ,

চাক্লক্লে মৈনা মাইকৈ থুংনা,
খাক্লা নোক্লি মীহাৎ মীরাওখোলদা।

লালঙম্বা মখোয়স্থ মুংঙাইফম খঙব্রে,
মোন্দুম মোস্তেক্তা ওল্লা থোইনা,
অচৌবা ফুরাদা অরাংবা দলালদা,
নিংতানা লৈঙমব্রে মুংঙাইনা তুমঙমব্রে।

কল্লক-মিহৌবনা, লান্দারক্কদ্রা কিবনা,
কুমজা চুপ্পা মিশেল খাঙলে,
ফত্ত্ত লৌশিংনা মাংওইননা চৎলক্লে,
হিংগে নিংলে মখোয়দা তাইবংসিদা।

লালদি ঙমখ্রে লমদি লোখ্রে,
চন্‌ঙমব্রে খুত্থম চেৎলবা থম্মোয়দি,
নৌনা চোংলক্লে মুংশিনদবগী য়েল্লিং,
ফুগায়না শাৎলক্লে য়েংথিনবগী খুদম।

খল্লক্লে মালেমসে লৈবদা শাফব্রে,
লোৎলক্লে খুৎলাই নোংদোলদা ইমুংদা,
ঙসি হয়েং ঙাইরক্লে মতম,
হৌরকপগা মিৎকুপতা তুমহল্লবা খুদক্তা।

পেনবা নাইদে কোয়না থিনিংলে,
অহাংবা নোংদোলদা লুরবা ইপাক্তা,
লনগী পুক্কে লালগী খুৎলাই,
ওয়াক্লে ওয়ামদবা নিংবগা তৌবগা।

হিংলী মীওইবা চখরি লাল,
হিংনবগী পাম্বৈদা হাৎনরি মশেল,
কনানা মাঙখি কনানা লৈহৌই,
লেপ্পদি নাইদে হিংনবগী লাল্লোংদি।

চাওখৎপগী পম্বৈংনি মতমগী খোংজেলনি,
য়ৌরনি য়ৌরনি থাজ-থন্নান,
মিৎনা কুপ্পদা চান্নবীগী নাক্তা,
পুন্সি মখলনি মীওইবগী লমথুংফমনি।

কল্লবা মীওইবা শিংলবা পাথোবা,
ওমদ্রি পুরকপা হিংমিন্নবগী মুংঙাইবা,
পিক্লবা মালেমসিদা মাগী পোক্লফমসিদা,
খঙজদ্রি মশাবু উজদ্রি মীনুংশি।

থিমিন্নিসি মাঙখ্রবা মীন্নুংশি,
হিংমিন্নতুনা মীওই মপোক্কা নুংশি-নুংশি !!
থম্মোয় চাংজৌ তোর্ব্বালদা,
মিৎলুদা ইরা ইহৌনা,
নুংশুরুনা লেপ্পুনা,
লৈখিগড্রা পুন্সি চুপ্পা,
মাঙখ্রবদা মীন্নুংশি ।
অকিবনা লাঙ্গোইচন,
থাজদবনা খুরৌথাং,
নুংশিহৈতবনা চেৎনা পুন,
নদোম হিংনিঙবা,
পিক্লবা পুকচেলগী পোন্নুংদগী,
পাইথোরক্লোনে মরুপলোই !
মালেম শিন্থুংনা থিরুসি,
ইপাক লান্না য়েংলুসি,
নোংদোল থুংনা হংলুসি,
মীওইবা মপোক্কী মাঙখ্রবা মীন্নুংশি ।
থম্মোয় থম্মোয় শিন্নতুনা
চান্না মিনোক্কা লোইননা
অমুক্তং য়েংউ তাইবংসে—
উরক্কনি অনৌবা মিৎয়েংদা,
অমকপা লৈত্রবা শক্তম অমা,
মত্থনি মীন্নুংশি শুমহৎনবা মশক ওইরবা,

লকান্নুংদগী চেন্থরকপা থম্মোই চাংজৌ থুমহৎনি,
মপান নাইত্রবা পাল্লবা মীন্নুংশিগী ইপাকনি,
হৌরকফমদা অতুম্মক তিনখিগনি মীন্নুংশি !!!

চোকথরবা হকচাংনি,
চাওখৎপগী শাংলবা য়াংদো লম্বীদা ;
শিজনিংদ্রে সনাগী লিকপরেং,
খোৌরী চরম্মা কংলক্লবদা,
ঙম্লক্তে পুবা অকে-অমোৌগী ফিজোলসে,
ফুকপা ঙম্লক্লবদা খোঙথাংসে ;
তামখ্রে ওন্থোক্ল তামখ্রে,
কদায় য়োৌনা চৎখিগদোৌরিবা লম্বীসে !
মুমিৎতি ময়ুম চংখিদোৌরে !
ও ! খাঙবদা ওন্থোক্লা ৱারে,
চনিং চমাং শম্নরক্তে,
ইন্দ্রি অসে ফুক্লক্লে—
কনা লৈবগে—?
থম্মোয় অসে কায়গদোৌরে,
ঈশিং খুয়া অমত্তা নিগেবা !
হুমাংন হকচাং অসে লুপ্লক্লে,
চেল্লিবা ঈগী ঈচেল লেপ্লক্লে,
পাংলিবা মিৎসে উরক্তে,
লৈয়েং অসে ফাইরক্লে,
ও ! য়াক্লা শাখ্রেদা মুংশাসে !
লোইনমক মাঙখ্রে—
মিহোৌবা অপাম্বা কল্লকপা,
পামজদ্রে পামজদ্রে,
লন-থুম অচাও-অরম,

লৌজহৌরো লোইনমক লৌজহৌরো,
হৌদোকপিরক্লগনু ইমাগী তম্পাক্তগী,
অমুক্তদি য়েংহৌখিগে ফজবী মাগী মায়থোং।
মালেম ইমা অপোকপী,
লাক্লে নচা অঙাওবা,
পুন্সি ইখম নরমদাই,
থম্মোয় অসে তনিক্লা,
মিৎলুদা ইরা শিন্থনা,
খুবাং চাংজৌ লোম্লনা।
পুন্সি চুপ্পা চৎলুরে,
মালং মমাং থাত্নুনা
য়োরুরে মফম শিন্থুংনা,
নপারী মিংচৎ তানবদা,
ইমাগী লমন শিংনবা।
থম্মোয় কায়না হল্লক্লে,
ফংলক্ত্রবদা অশেংবা নুংঙাইবা ;
নিংবা কায়রবা থম্মোয়দা,
খোঞ্জেল অমা থোরক্লে,
চেৎনা মত্থতবু পুরক্লে,
ইমাগী নাপ্পদা তম্নবা,
নংগী খুয়াদা চংজনবা।
ইমা ! নংসে কয়াদা ফজবা
ঙসিদা খঙলি অরোইবা মিংকুপ্তা।

চংলি ঐখোয় চংলি,
ঙসি অমত্তা ওইনা
চংলি,
ইমাগী নাক্ত
চংলি ঐখোয় ;
থম্মোয় থম্না পুরি,
ৱানা থিরুরবা মীনুংশি,
মিংকী পিনা চাম্নবা ;
মাঙলুরবা লম্বেল,
লৈরে মাংদা—লমথুংফম য়োনা।
চংলি ঐখোয় চংলি,
পুক্লিং মকালায়
চংলি,
ইমাগী নাক্ত
চংলি ঐখোয় ;
খুংকা খুংকা শম্না,
লেংগা লেংগা কোম্না,
থম্মোয় থম্মোয় তিম্না
মাঙলুববা লম্বেল,
লৈরে মাংদা—লমথুংফম য়োনা।
চংলি ঐখোয় চংলি,
অনৌবা আশাগা লোইননা
চংলি,

ইমাগী নাক্ত
চৎলি ঐখোয় ;
তুংওইননা লৈহৌরে,
ইবৈবাক মীবৈবাক,
লাল্লক্লে লানঙমদ্রবা ইপাক ;
মাঙলুরবা লম্বেল,
লৈরে মাংদা—লমথুংফম য়োনা।
চৎলি ঐখোয় চৎলি,
অমত্তা ওইবা লীচিংনা
চৎলি,
ইমাগী নাক্ত
চৎলি ঐখোয় ;
ব্লাবা লৈতে খোংচৎতা,
অপুনবা ঈশৈ শক্তনা,
থরায় তানা নোক্তনা ;
মাঙলুরবা লম্বেল,
লৈরে মাংদা—লমথুংফম য়োনা।
চৎলি ঐখোয় চৎলি,
তাইবং কোয়না খোমজুনা
চৎলি,
ইমাগী নাক্ত
চৎলি ঐখোয় ;
মতমগী ঈচেলদা থোরক্লে,

হিংমিন্নবগী অশেংবা ইরাওখোল,
পুন্সি তোরৈ খোংম্নুংদা ;
মাঙলূরবা লম্বেল,
লৈরে মাংদা—লমথুংফম য়ৌনা।
চৎলি ঐখোয় চৎলি,
ঙসি অমত্তা ওইনা।
চৎলি,
ইমাগী নাক্ত
চৎলি ঐখোয়।

কম্বী-মৈদা চাক্লি মৈরী,
মীওই মপোক্তা হিংলী পুন্সি,
চাক্লিবা থাউমৈনা মূৎখ্রগা নোংমা,
হুল্লিবা মিহুলনা লেপখ্রগা মিৎকুপতা,
হুমলকপা হুংশিংকী অকনবা শহুমদা,
লানঙমদ্রবা শিবাগী অন্নাংবা পঙখৈদা ;
চাকলম্বা মৈরীনা তিনখিবগুম মৈখু ওইনা
অহাংবা অমম্বা মালংদা,
তিনখি পুন্সিস্থু অস্থুম্না
খঙঙমদ্রবা অতোপ্পা মপোক্তা তাইবং থাদোক্তুনা।
মুত্রিডৈঙে ঙাল্লি শহুমলক্তা মৈরীস্থু অমম্ববু চাকথেক্তুনা ;
শিদ্রিডৈঙে হিংগনি-নৌহোনা পুন্সিস্থু মীওই মপোক্তা।

ছাত্র-ছাত্রীশিংগীদমক্তা

অখন্নবা অতাবা মমলদা

১৯৬৭ ইংগী ডিসেম্বরদা

রণেনগী

# নোংথক্তা পাইবা

ফংবিরগনি

---

মমিং ............................................................

মথা ............................................................

............................................................

স্কুল/কলেজ ............................................................

---

লাইরিক ফংফম :

"জিৎসন্স"

য়াইস্কুল, জন্মস্থান,

ইম্ফাল

( মণিপুর )

* অকক্লবা লাইরিক মশিং ওইবনা লাইরিক লৈবা মতমদা চেনা অসিদা মিংনচিংবশিংসি ইরগা পুবিরক্লবা হায়জরি।

মসিগী শমজিন্নদবা পরেংসিদা শেতংপিয়ু


University Centre of ...

২৮৫৭ রণেনগী

# নোংথক্কা পাইবা

মীওইবনা উচেককুম্না পাইনিংলকপদগীনা
উসিংগী চাওখৎপগী পলল্লাংমা লান্দুনা থাদা
চৎপা তান্নরকপা অমসুং মসিগী মতুংদা
করি ওইরকপা য়াবা হায়বা ফাওবা
অমত্তা চিংথদনা মীপুম খুদিংনা পাবদা
মুংঙাইনবা ইচম চম্না ইরবা লাইরিকনি।

(১) এরোপ্লেন কমদৌনা পাইনি?

(২) রোকেত করিনো?

(৩) কৈদৌঙে অমসুং করম্না থা য়োঁতুনা অতে থল্লাম্মিচাকশিংসি তম্না পাইবা ঙমগদগে?

(৪) মীওইবা অমসুং পাইবগী পংখৈ।

(৫) হৌজিক্কী লাল্লোং অমসুং খুৎলায়।

অসিনচিংবা অতৈ অতৈ মরম কয়াসু নিংথীনা ইতুনা ফোটোগা কোপ্পনা অমসুং য়েক্কুনা তাক্লবা; য়ুমথোং খুদিংদা, লাইরিকশংশিংদা থম্বদা কান্নরবা; পৈশা চংনা, মচু তানা নম্লবা লাইরিকনি।

Catalogue —
Checked

—অমুক্কং পাত্তুনা য়েংবিয়ু!
শোয়দনা হেন্না কুপ্না নৈনবিনিংলক্কনি!!